# পুন্সিগী মতাং অমদা যামিনী।



শ্রীলাইশ্রম নিত্যাই সিংহ

# পুম্নিগী মতাং অমদা যাম্নিনী।

লেংজবা ঃ

শ্রীলাইশ্রম নিত্যাই সিংহ

সত্ব পুম্না অইবগীনি।

মমল লুঃ ১০ ০০

ফোংবা ঃ-

অইবা মশা

শ্রীলাইশ্রম নিত্যাই সিংহ

খ্বাই নাগ মপাল শিংজবুং লৈরক,

ইম্ফাল পিন ৭৯৫০০১



অহানবা থুংনম ঃ—১৯৮৯ ওক্টোবর

## কৎচরি

ইমুংশোরা তালখ্রবী, পলেম শকলবী
ইচে ইবেম্মগী নিংশিং খুদোল ওইনা
ঈশ্বরদা ।

নিপা :—

শরৎ — রানা মহৈ তম্বা ছাত্র অমা।

শ্যাম — শরৎকি মরুপ ,, ,,

অশোক — শরৎকি মনেগী মচা।

ইবোমচা — ,, মবাই।

বিরসিং — ইনাক খুনবা ইমুংগী মচা।

নুপী :—

যামিনী — ছাত্রি

বিনা — ,,

তম্ফা — শরৎকি মনে।

মধুমতী — ,, মনেগী মচানুপী।

ইশানা ইজবা ড্রামা অমদগী য়াম্না তেনশিন্না ইথোকচত্না ফোংদোকচবনি। পাম্বিরিবশিংনা মুংশিবা নিংয়েংনা য়েংবীয়ু।

নিত্যাই সিংহ

# পুন্সিগী মতাং অমদা যামিনী

## অহানবা

মক্কম — মপাল কাংজৈবুং।

মতম — তুমিদাংব্রাইরম।

শ্যাম – হল্লো শরৎ কাংজেবুং অসিদা নতোমদা তুমিন্না ফমলমলিসিবু করি রাখল খল্লমলিবা ?

শরৎ — করিবু খলগনি — লাইরবগী চৈনাখোল, পলেম পন্থোনা নাওয়োক নাওকোন্দবগী পোৎলুম — থাংবদা রারেদা।

শ্যাম — মরুপতি অফবা ছাত্রা ১০ গী মনুংদা হৌজিকমক অনিশুবদা লৈবিরিবনি।

শরৎ — অদুবু ক্লাস নাইন কাবদা করি ওৎগনি – কনানা থংগনি !

শ্যাম— মরমদি ?

শরৎ — মরমদি —তম্নবা লাইরিক ফাওবা শুনা লৈতে। পরিক্ষা মতম ওইরক্লে রাইবা ইকাইবনিনা ইমান্নবা ক্লাস মান্নবা অমগী ময়ুমদা চৎপা তাই মহাক্না পাবা লোইবগা

ঙাইহাক্তং পাবা তাই মহুনবু কয়া য়ায়া খংগনি। ঐনা তাজবদা ওঝা কবি চাওবনা মমাবেম্মনা উনা মৈ য়াংলগা লাইবিক পারকই তাজে। হৌজিকমকস্তু ঐখোইগী ওঝা ওইবিবি। অহুবু ওঝাদি মমাগী নুংশিবগী খৌজাল যংলি। ঐগীদি পম্নমক লোইখ্রে।

শ্যাম — লাইব্রিক্না করম্বা মতমদা পাবিব্রিবা ?

শরৎ — ঐগী অকক্নবা মতম পানবা লৈজদে।

শ্যাম — মকপকি পুন্সিগী মরম তাবদা থম্মোই শোকই। মরম খিবিক খংজরে। রাফম অমনা জোনষ্টোন হাই ইংলিস স্কুলগী মেগাজিন্দা মকপকি "যামিনী" হায়বা কবিতা অডু পাবদা থম্মোই শোরবা হাইস্কুল তমলিবা কনাগুম্বাস্তু যাওবে হংনৈ। অতোপ্পা হাইস্কুলগী ছাত্রা কয়ানস্তু কবিতা অডুগী মবমদ রাবিস্ত শানৈ হাই।

শরৎ — ঐদি মিংগী মখমদি থোইনবু খনজহৌদ্রে। যামিনানা কবিগুম্বা নুংঙাইতনবগী মবম ওইনা লৌখ্রবা ?

শ্যাম — মহু খংদোক্নবা নোংমতস্তু উনকুসিদনা ?

শরৎ — অথন্ননা উনবা নত্রবস্তু নুমিৎ খুদিংগী, লাইবিক তম্বা কারকপদা ঊরিবা অসি মঙাই। ওসি ফাওবদা ঐগা রাষ্ট্রে অমা ফাওবা ঙাংনদ্রি।

শ্যাম — লাইব্রিক তমমিন্নবা ছাত্রি খবনদি মরূপকি মরম অসি রারি শাবদা হেক হেক পল্লি হায়নৈদা —

শরৎ — অফবগী মরম ওইনা ঙাংনবদি ফৈদো— নৎলমত্রবদি।

শ্যাম — থম্মোই শোক্লবা কবিতাগা যামিনীগা চানরুবগী ব্লাফমনিদা মিৎলুদা পি তাহলবা ঙম্বগী মরমদনিদা।

শ্বরৎ — থম্মোইনদি ব্লাং লাইবকনদি নেম— মসিগী ব্লাফম অসি মতুংদা খল্লবসি— মেট্রিকতি পাস তৌদবা য়াত্রবনি—মুংশি মুংওলগী ব্লাফম ঐগী ইফমদদি লাপ্না থমখিবা তারিমাল্লে মৎত্রবদি মীমাং থোকপা য়াবোইদৌরি।

শ্যাম — ফরেনা ব্লাথল লৈবা মকুপ কস্তুরি সিনেমা মমাংদা ঙাইহাক চৎথোকউসি।

## অনিশুবা

শ্বরৎ মাগী ফমুংদা হিপ্তুনা লৈবা।
মতম — মুমিদাংব্লাইরম।

তম্ফা — ইচেগী ইবুঙো — অমুক থেংনা লাইরিক তম্বরা — ঙরাং মুংদাংমু চাক থোংত্রে — অয়ুকশু চবা হেন্দুনা স্কুল কাখ্রগা —হল্লকলগা নফি নথোল হোংদোক্তনা ফমুংদা হিপলিবা অসিবু নশা ঙমত্রবরা — চাক চাথোকউরো।

শ্বরৎ — ঐ করিমু তৌদেদা — ঙসি বোল শিংনবদা য়াওদবা য়াত্র-তুনা য়াওকরে — অতুদা খরা থেংদোকখে।

তম্ফা — চয়ামু হেল্লগা শান্নবমু য়াওরুরিবা —মনমু লোইনা কারকত্রে ইকু ইবুঙো লাকলবদি ঙাংলরগনি।

শ্বরৎ — ইচে ঐহাক ঙম্না লাকপনি—কস্তুরি খোং লাল্লনদাইদা পুক অসি তাখৎলকুনা ঙাইহাক পনখে —

তম্ফা — চাক য়াওত্রহুনা তাখৎলকলিবনি — চাথোকউরো —

শ্বরৎ — ঐহাক ষন অমুক্তা লৈবরা য়েংউখিগে — ইচে মরক অসিদা পৈশা ২ দা থিবীরমউ—মম্লবনিনা লম্ফেল পুমচিক চিকলম্লগনি লাপনা চৎপদি ঙম্নরোই।

( ঙাইহাক লৈরগা )

ইচে ষন অহু তাখেল্লম্বম পুথি মপান্দা লৈরম্লে। ঐহাক চাক চারুরগে ? ( চাক চাবা ) লাম্না চারবনিনা হাওতবা লৈখিদ্রে।

তম্ফা— পৈশা ২ অহু লৈরেসে — করি লৈগদৌরিবা —

শ্বরৎ — নুংঙাইজরে ইচে কেরোসিন অঙৌবা অহু লৈরুখিগে — তাদশিং খরা লাইরিক পামিম্লবদা ঐস্থ য়াওজরুগে — পরিক্ষানিনা খংদবা খোত্তবা খরা হংজরুগে —অহিংদি লেকপা তারে।

তম্ফা— নফিদি ?

শ্বরৎ — ফুরিৎ অমা অনি লিৎশললগা লোইরে। অরুবদি পৈশা ২ গী থাউনা কয়া কুইনা পাবা য়াগদগে— থাউলোইবগা তুমনিংলে হায়হুনা মুৎথৎলগা লোইরে — ঐহাক থাউ অমুক্তা লৈহৌরুগে।

## অহুমশুবা

মকম — যামিনীগী লাইব্রিক শাকম কা।

মতম — অমুক।

( যামিনী ইশৈ শুংনা শুংনা লাইব্রিক লোইশিলবা )

মুডা ওইবী এইহাক্তি
পম্মোগী চৈরাক কিবনা,
খোংদা বিনজুব থাংশুমলে,
হে শরৎ ঋতু-ও
চাকলেদকো থম্মোইসে।

বিনা - ইশৈদো থরা লাওনা শুংবীরকও।

যামি:— হিংচাবীসিদি লাকইগা শংহন্দনা ইথং হেক থংউরে সে চৌকিস্পিদা ফমউসে।

বিনা — ইশৈবু য়াম্না হৈবিথরে অহুদা।

যামি:— অহুদা কব্রি তৌবরা ?

বিনা — মমিং অমা য়াওখিদা।

যামি:— অঙাওবী কনাগীসু পনখিদেনা।

বিনা — পন্নিরোই কবিতা ইবা নিপাদো।

যামি:— অদু ওইবে এনা পনজবদি ঋতুবুনে।

বিনা — ঙরাংগী থাবল চোংবা য়াওবিবা নৎত্রা ? দাদা শ্যাম, বিরহোইসু য়েংই হাই পাথং কয়া থরাই চাকথরবা।

যামিঃ— তোনদোনবীগা চোংজবনিদা মানা থোকখিবদা তাল চায়রুবনিদা।

বিনা — নিংবদি থুংবিখে ঙরাংদি।

যামিঃ — বিনা ফাগিস্ত্র ফাগিনি পরিক্ষা থরা লৈরবদি হায়-দোক্লগনি। ঐগী রাথলগী মংলান্দা খরংকি রাথলগী মমি তাদবদি নত্তে।

বিনা — হায়বিবা তাসিবু মমি অসিনা মশক শেংনা থম্মোইদা তাদ্রিঙৈদা লাপুথোকহনখ্রিরা ?

যামিঃ— ইতা ঐহাক অসে ধ্রুবতরা ওইনা মাগীদমক লৈবা তাবনি। নত্রবদি মাগী রানা তমলি মহৈ মপুংফাবা ওম্নরোই মাগী শৈরেং মতেক থরদি তস্তনা নিংশিংলি

শিন্থরিবা পিরাং
কনাগীদমকনো তারকলিবী ?
+ + + +
খোই খোইবা শন্নাংনা,
গুজা মাইথোং লোংপীম্ন !
খোইমুগী নিংজবগী মালংদা
ধ্রুবতরা ওইবিয়ু।

অসিগুম্বা নিংবা কায়রবা থম্মোইনা কনাগুম্বীদা ঞিন্নবা ঐহাকসু থংজদবা নত্তে। ইতা রাফম অসি তোকলসি।

বিনা — হোইনে পরিক্ষা ওম্নবদি সিনেমা অমুক্তং, ফিলমদি বনদ্ধন।

যামিঃ — কৈদৌগে য়েংউশি।

বিনা — হোইনে হোইনে নিংবা থ়ুংনবা।

যামিঃ— মাগী হৌনবী কোচি অমদি।

বিনা — কোচি অমদি তিংখং লৈরাংগী মগুন লৈবগী খুদমনে ভিংখংনা য়োনলবী কেতুকি, লৈথোক্তা তিখং পাল্লবী লৈরাং থম্বাল, কোচি কোংপী চিন্নি চন্দ্রা হায়নবিবা নত্রা ?

যামিঃ — ফরোন লৈরাংশিং অহ্নগী মবক্তা ঐস্নু অমা হেক্তা ওইরগে।

## মরিশুবা

মফম - মপাল কাংজৈবুং।

শ্যাম — ঙরাংগী থাবলদি মৈ হৌথে, হায়নৈদা।

শরৎ — মফম কদাই কনাগী থাবল ওইলবনো ?

শ্যাম — থংশিন্নদবা শাবিন্নু ঐস্কুইশামক য়েংজবনি অসেমগী থাবল মনিং মমাং বেল পার্টি মশক্তা মমিং থংনরবী তোনদোনবী থংবীরিনিদা।

শরৎ — থংববুদি থংজৈদা।

শ্যাম — ছাত্র কয়ামা, পাখং কয়ানা থাবল চোংনিন্নগদবগী কয়া রানা ওাইছুন। লৈপ্রবা অছুদা রিজ´বগী মওংদা শুকথা থাদনা চোংবিবা ছাত্র অছুবু।

## পুন্সিগী মতাং অমাদা যামিনী

শরৎ — য়াম্না মুন্না য়েংবীবা জাৎনিনা।

শ্যাম — অদোমনা য়েংথোকপিরকতবগী ৱানিদা তোনদোনবী থোকখি হৈঙদা থংনবীখিবা ফাজুবু থাবলনগা ফগাৎহল্লকপগা ৱাজাইগী মখোলগা অরাবা লৈবীখিদবা মুংশিবা মরুপ অমগীদমক মরুপ অমনা কযা কুপ্পা শেন্নবগে শনবীরিগত্রা লোমান্নবা কয়াগী পুক্কিং চিংশিল্লিবী শানৌ অমগী কল্লক-চাওবা কযাম্ব লৈবমক্কম থোকপনি।

শরৎ — মরুপ লৈ শনজবদগী কোমথোকচবনি।

শ্যাম — নিংবদি নিংশিংবীবিনি ওইত্তাক্কি থাবল অত্তু স্বর্গগী অমরাবতিদগী চেনবীনি। যামিনীস অবাবগা থংখিত্রবী জগোই শাবী ওইখ্রবনিদা। মতৈদি পবিক্ক ভুম্বা চাক অমুক্তং চাম্নহৌসি। বিনানা সনাইনা শিনজগনি।

শরৎ — মরুপকী থৌজাল।

## মণ্ডাশুবা

শরৎকি মযুম।

ভুম্বা — নিপা মচা নখোইগী পরিক্ষাদি হায়দোক্ত্ররা?

শরৎ — হায়রেব্রু হায়দোক্লে। ভমত্থু মেজরে অহুদা হচে লাইব্রিক লৈবল্লা পৈশা থরা হেন্না চংবা তাঁর। নহাক্নৈথেদি মথকী ক্লাসতা কাখিবা ছাত্র খরনা মমল খঙিক্রং লৌরগা

পিবীরম্বা লাইব্রিক থবনা ঐনা ওসি ফাওবা তমশক্লবা ওমলিবনি।

কৃষ্ণা - লাইব্রিকতি কয়া পিবা য়াওরিবা?

শরৎ — পেশা চংদনবা অঙ্ক লৌজগে অহুগা মেকানিক্সকি লাই-ব্রিক অমসু লৈদবা য়াম্রি মানা থ্বাইদগী তাংই লুপা ৩ গা শিকি ৩ পি।

কৃষ্ণা— থংজ্রেদা ইপ্বাগী মরাইবক।

( মপান্দগী )

শ্যাম — ইচে শরৎ লৈবরা?

কৃষ্ণা — ইবুঙঙো ওইরে ক্যাম্পসে মুড়া অসিদা শরৎ মমাই তাবা চংখিবগা ঙাইরি পোরক্লগনি। ( চংখিবা )

শ্যাম - ( শরৎ পোরকপা ) ঙাখোই পরিক্ষা ওমলেদনা লাও এখোইদা চাক চারুসি ইদেসু চংগ্রেদনা।

শরৎ — চংথু।

শ্যাম — অমত্তসু ওম্লবা ক্লাৎনি হায়েংদি বিনা থাগে। পাও লৌহল্লুগে।

শরৎ — ইকাইদা পাওগা পংলো লৌবীরুমুদা।

শ্যাম — থাবলগী ফজবা মীওইবগী পুন্সিংগী, ইশৈগী লুংশিব, গুরনা, যন্ত্রশিংগী মখোলনা থম্মোই কয়াবু চিংশিল্লি। পামজবীগী মাইথোংনা পামজবা অমবু করিগী চিংশিন্সিল্লোইদবা মরম লৈবগে?

শরৎ — হোইদা নংনা ওমজরো।

শ্যাম · মুংশি ল্যাংদা থ ুরবা য়াবৌ শক্তিবু করম্না শান্তি ফংগদগে
উননিংদে হায়না হায়না খোংকাপ নাবৈ চাওনা কান্দুনা
কোনখোং য়োবম্মা হায়বগুম মপাওখোন্দি তানিংবনা
পম্মোইদা রাগৈ চাক্রলিনি।
শরৎ মতুম্ম ওটখোক্লোই হায়বা কনামা খংগনি। (লোকপা)

## তারুকশুবা

লক্ষ্মী — খোংনাং মখোং।

যামিনী লাইব্রিক অমা পাইদুনা লক্ষ্মী ·কেল ·দগী লাকপা।

বিনা — ইতা কদাইদা চৎলিবা?
যামি:— ইতা নখোইদা চৎকে হায়দুনা খোংকপনি ফাগিপাদি
য়োৌবকনু থবক অমঙা লেকচগে।
বিনা — ওন্তোকনা কোইথোকত্রে কবি পনকানো হেক্তা হায়যুবা;
যামি:-- লাইব্রিক ওসিমক্তা য়োহলবাবু।
বিনা — মেকানিক্সনিনা কনাদা।
যামি:— এৈহাক সবজেক অসি লৌরোট লানাই অমখক্তং এৈগী
ইমিং থারুরে দাদা শ্যামদা থরা য়োহলবিখো।
বিনা — য়োহলববুদি য়োহলগে অতুবু দাদানবা কনাদনো?
যামি:- লক্ষ্মীনি ইতাসিমা খংশিন্নথিদরে।

বিনা — অদোমগী থরাইদবা ?

যামিঃ— হায়নিংবদা হায়রু সে ঐগী রা তাও হায়বা মহাক অঙ্ক য়াম্না য়াম্না কথা ছাত্রনি। মেকানিক্স লোই হায় লাইব্রিক অসি অককন্না কংবনি।

বিনা — ঐনা নত্তৌ য়েংগে ভৌবনি মহাক থাঙ্গ শেংনমক লাইব্রিক অসি লৈজি নাইক্ত য়োহলজগে। থোইরাং-বিরগন্নু।

যামিঃ—ইতা য়াদি ফয়ান্নু শাম্নগদবা লৈরি। লম্বেলন্নু ওইরে। চৎনরসি।

বিনা — ফরেনা থবকচিংবনসে নংনা মওাইয়ে।

যামিঃ — থবক চিঙ্গবগী ভাক নত্তুদা ধানা থংহন্নিংদবগীনে।

## তরেৎশুবা

মফম — মাঙ্গোল।

টবোমচা—মুমিৎ থরগী মনাংদদি ঐহাক পৈশা য়াম্না পাইরম্নবনি। ওরাংদি দাও য়াম্রে লোইনা নাংথে।

তম্বা— মাংথিবনা মাংথ্রব্রু হৌজিক্তি থবক ইনথাংদা খুদোং চাবা য়েংবিবনা ফরে।

ইথোং— সরকারগী থবকস্নু তৌহৌত্রে ইমান্নবা অয়াম্বনা থবক অমমম্ব কংথে চহিস্নু হেনথে মথোইদা করমনা নপল্লুগনি।

তম্ফা — হায়রিবা রাকম অহু অচুম্বা ওইরবস্মু খরদং খম্নবিবা মতম লৌরে। অবোক ইবেম্মনা কৈথেল কারগা ঐখোইনা ক্লমক্নুনা চাবগী ফিবম ওইরে। কোইম্নেং মচা শাবা অসিস্নু তোংত্রে রাবনা হেল্লে। মতম চানা থোং থাকত্রে অসিমু য়েংবা হুডাইবাবরা।

ইবো: — হায়রিবা প্রমমক খন্দবা নত্তে জুনারদা হৈনক্করে ফংবা কান্দা ফংবা দাওনা যাত্রবদি ওবাং লোইনা মাংথে ইমাস্নু কৈথেল কাবা ওমলিদনা।

তম্ফা - মচা মুংশিদবা মমাদি লেত্তে হায অহুবু মনা মুংশিদবা মচাদি লৈ হায়নে মহু থোকহনবিগনু।

ইবো:—নহাক্কী রাবি তাবা ওমদ্রে। হৌজিকপু নথুত্তা পৈশা খরা লৈরিবরা ?

তম্ফা — ইবুঙোগী দেগাজিনগী প্রথংনবা লুপা ২ দং থাকলি মসিদা লৈকাই শিঙ্গাঙল পৈশাস্নু বাংলি।

ইবো:—ফরে অরৈবা পেশা। অহু পিগো ঙাইহাকং লাইবক য়েং-উগে ওবাংদি দাও য়ামন্দহুনা তৌবনি।

তম্ফা - চৎপিগ্রমুদা ফৈজোমস্নু।

ইবো: — নিপামচা শৰৎ প্রং ৯ ফাওবদি কাথিরোইদনা মাগী ফৈজোম অহু ঙাইহাক্কুং শেৎলুগে ঐ স্কুল কাবা নংনবা লাকনিদা।

( ইবোমচা থোকথিবা )

তম্ফা— লোইবা নাইদ্রবা লাইরবগী পুন্সি ওইরেকো। ইপু-
রোইবনা অয়েবা জুরারগী থাক—ইপানা করি হায়গবা।

শরৎ — ( চংলকপা ) ইচে ওসিদি থরা ওন্না স্কুল কাজগে মেগা-
জিলগী পৈশাস্থ লৈরবনিনা —

তম্ফা— অদুবু।

শরৎ — করিবুনো ইচে।

তম্ফা— ইবুঙঙে। ঙাইহাক্তং ঙাইবা য়ারারোইদ্রা — কৈজোমস্থ
নবাইনা—পৈশাস্থ।

শরৎ — মখা তাবিরগন্থ ইচে—মসি পুম্নমক ঐনা হিংলম্বদগী
থোকইবনি।

## নিপালশুবা

মফম — কম্পাউণ্ড।

শ্যাম — ক্লাস নাইন হায়বা অসিদি সরস্বতী পূজাগী শিন
লাংবগী থৌবুরেন্নি—চাবা থকপা ফজনা শিনগদবনি।
লিলা পালাদি ?

শরৎ — মতমগী চৎনবী পাসখেলা অমা মথংদা এম ডি ইউগী
দেবলা দেবী—ঐখোইগী মমাংদদি ছাত্রনা আর্টিস ওইদুনা
চহী খুদিংগী সরস্বতী পূজাদা জোনষ্টোন স্কুলগী থিয়েটর

অমমম উৎলম্মী। হৌজিক্তি তোকনথে। মতম অহুগা হৌজিক্কা খেন্নবা খরদি লৈরেদা।

শ্যাম — চহী অমদা মতৈগী লাইরেম্বীবু দোলাইদা পুন্না চৎনবা অসিসু বসন্ত ঋতু চংলকপগী মুংঙাইবা পুক্লিংদা নৌহৌ-নবা পোকত্রনে ?

শরৎ — নহা ওইবগী ইনখৎল্লকপা মতম—বসন্তগী নৌনা য়েন্নিং হুল্লকপা মতমগা চাংদমনৈ - ঐগীদি ৱাকচিংথা।

শ্যাম — হন্দক্তি যানিনী মবুং অতোনবগা শোইদনা কুম্মে য়েংবা লাকনি মাদি দেবলা দেবী য়াম্না থল্লাই তাজবনি।

শরৎ — লাক্লবসু ফৈ—ঐদি লাপ্তুকনা লৈজগে মরুপনা 'শিল্লগা লোইরে। অচৌ অশাং ইনাক খুলবা ইমুংগী মীশিংগা লাইরবা মচাগা নকনফম থোক্তে। অনংবা অতোলবা হায়বা অসে সমাজগী মরক্তা লাইথুং মথল অমনি। ইশানা লাপথোক্নৈ নৈনবা হোৎনজবা তাবনি।

শ্যাম — মেট্রিক থাগদবা চহি ১ তা ঙাইবে—ৱাখল অহু খরা চাওথোকউ অদোমদি কাবন্নিবা ময়ামগী ওকপগী থবকসু পাইবা তাবনি - মুপীনা লাইরিক তমথৎনরকলিবা অসে ঐখোইগী লোন্দগীনি হায়না লৌবা তাই—ফজবা ৱাহৈ ৱাতানা লাকপিরিবশিং অহুং মোমোল নোকহলবা তারিদো।

শরৎ - মরুপকি বরদগী 'পূম্নমক ঙমজবা। ( নোকপা )

## মাপলশুবা

পুখ্রিগী সিবিদা
মতম — সুংথিল

যামিঃ— ইতা লাও-ও সিরি মপাল অসিদা ফমলোও—লুরবা ঈশিং অসিদা মালংগী সাংউমনা ইপোম মচা মচা- কাহল্লিবা অসি ফজত্রা ?

বিনা — ইতাদি অইংবা-ফজবা মফম থিবিহুনা করি রাখল থন-বীরমলিবা ফজবগী মথক্তা ফজৈয়ে—মুজা ওইবীগী পুকিংগী মালংদা কা-ইদ কা-ইদ শিৎলকপা মুংশিৎকি তাম্বাবু ফজরোইদবগী মরম লৈতে। মেট্রিক পরিক্ষাদি লোইরেদো থরা উনবদি ফৈকো।

যামিঃ— বিনা ঐদি য়াম্না তোইনা উনগে থল্লমলিবনি।

বিনা — ইতাগী পরিক্ষাদি থবা মুংঙাইবিখিদনা দাদা শ্যামগী মরুপকিস্থু ফনা ফখি মাল্লে।

যামিঃ— কনাগীবো ?

বিনা — থংবিত্রবা-তুমদবা মী হৌদোকপা—লুইকো মেকানিক্স লাইরিক কাওবিরবরা ?

যামিঃ— কাওজদে ফবু ফখ্রবদি ফৈয়ে।

বিনা — ফরেনে ইতা-রা অমা হায়গে পুখ্রি—মপাল অসিদা করি মরমদা পুকিং অহুক য়াম্না পুকনিং চংবিখিবনা ঐ লাকপা ফাওবা থংদবগুম তৌথি—রাখলগী লংলা

লংজিল খরদংদি কাংথোকপিরকউদনা – হায়দোকত্রবদি— খাংঙমদবা পোৎলুম ওইবিরনি।

যাম্নি:— ইতাদি লাকপিবা কুইরবোইরে করিবু ওইগদগে—মতমগী মকমগী ফজবা উজবদা পুকনিংদা পরিক্ষা মমাংগী থৌ-দোক খরা মথং মথং নিংশিংলুই। হাইস্কুলগী পুন্সি লোইরকলে। স্কুলগী পুন্সিদা অরা মুংঙাই মরক্তা য়াম্না নিংঙমদবা থৌদোক অমা য়াওখ্রে মসি—হায়ররোইদা—।

বিনা — ঐঙোন্দবু হায়য়ুবা!

যাম্নি:— টেষ্ট পরিক্ষাগী মমাংওইনা ঐনা লাইরিক তম্বা কাবক-পদা কাংজৈবুং মমাং লম্বী অশম্বা অতু য়ৌরকপদা ছাত্র অমনা ইংলিস হিস্তরি অতু য়াওরবদি অমুক্তা পিবিরমউ হায়রকখি। ঐস্তু ইতোমতনি খংহৌদনা হায়রকপা অতুদা চঙক মাইঙকন্থনা করিগুম্বা রাহৈ অমত্তম্ব খুমহৌদ্রে।

বিনা — তাবদবু মুংঙাইজদে ইকাইফম থোকপা খোংফমনি মশক্তি খংবীবা নৎত্রা?

যাম্নি:— খংন্দনবু হায়রক্কদরা।

বিনা — তাইবুঙঙো শ্বরৎ ওইরম্লগনি অতুদগী করম তৌরবা?

যাম্নি:— মাম্নি ইতা—পাওখুম ফংদ্রবদ—খুদোং চাবিদ্রবদি য়ারনি হায়রম্লগা চৎখ্রে মহাক্কা মরি লৈনৈ হায়না ইমান্নবী-শিংনা ঙাংনবগী রাফম—রুটিনগী লাইরিক য়াওরক্লগা ফাগী ওইনা লকনবা বিনা ঐহাক য়াম্না নিংঙমজখিদ্রে।

বিনা — মতুংদদি।

যাম্মিঃ— মথংগী মুম্মিত্তগী স্কুল কারকপদা লম্বেলদা মমাম্নবগা। হেক হেক থোকললকপ। অমুক্তা উখিদ্রে মিকুপ থরদং উনজবদা মুংঙাইজবা অদু মাংখরে থম্মোই অসে নিংঙমদবগী মৈরিনা চাকলি মীগী মীনোক কিরুবদগী থোকখ্রিবনি মতাক্তি থোইদোক্না য়া মুং য়াম্না ঙাংতুনা ফাগী জুগাই হৈজবা মীসু নত্তে—নহা ওইবগী পুক্চেলন্দা। ঙাইহাক্তং এহাক্না হাইফেত্তং য়েংলম্বদা নৎত্রা মোনমোনদং নোকলম্বদা মঙোন্দা পেনজবনি।

বিনা — ব্রাহ্মম অদু করিগুম্বদা শেংদোকপিখ্রবরা ?

যাম্মি -- ঐ শেংদোকত্রি—ইকাইজবদগী থম্মোইদা লোত্তুনা থমনিংলে মহাকসু খাংতুনা লৈরম্লগনি—মসি পুম্নমক থেন্নবা পল অমা লৈবদগীনিকো।

বিনা -- ইতাদি য়াম্না হেন্না থনখে।

যাম্মিঃ - বিনা খন্দবসু ঙনদেদা যৌবলগী বসন্ত লৈকোন্দা হৈরাং লৈরাংনা নিংখিজরকপা -মালংনা লিরিশিংলকপা অনৌবা ইনৈং হাপলকপা খলজবদা মুংশিজৈ—অদুবু অকলবা নোংলৈ মুংশিত্তা লোইনা হুমদোকলম্বসু য়াই।

বিনা — ইতা পংখনতা খন্থবীগমু। ঐখোইদা কদৌঙৈ লাকপা ?

যাম্মিঃ— চৈরাওবগী চীং কাবা লাকপদা চংলক্নে। পাবুংনা খুন্নুংগী মী—তাইবুঙঙো অহন্না অফিসার অ্যাওরম কাবা—ইতা মুংঙাই য়াইফবগী মমুংদসু মুংঙাইতবা কয়া লৈরিদা।

বিনা — খংলে ইতা ঐ চৎলগে।

## তরাশুবা

### লম্বেলদা

শ্বরৎ — ওরাংগী চাক চান্নবগী এসাংদো প্যাম্মি। ইন্দোনবেম্মনা থোংবা ওইরিনি।

শ্যাম — মী য়ামদবা অত্তুদা ইমানা হেক্তা পুজারি ওইরবনি পংহাই হায়জিল্লহন্নু— পরিক্ষা হায়দোক্লবদি মথংদি কবি চৎথবা তাবিবা ?

শ্বরৎ — মীবৈবাক্তা মতম কুইনা লৈখ্রবী কর্নেল অমনা লৌবা ইনে অমা লৈ। মামমা অত্তু লাম্মিদগী পোৎথাবে। ওবাং নিপা অমা লাক্লুনা ঐবু থিরম্মী। মতেং ফংলবদি মথা তমথবা য়াঃ।

শ্যাম — মহুদি য়াম্না নুংঙাইবা পাংনি মচাদি ?

শ্বরৎ — ঐ তাজবদা মচা নিপা অমগা নুপী মচা অমগতনি।

শ্যাম — নুংঙাইরে বিনানা ম্বাক্ষম অমা হায়রম্মী চৈরাওবা নুমিত্তা মমান্নবা লাক্লনি চং কাগনি তাইবুঙ্গো শ্বরৎ য়াওগদবনি।

শ্বরৎ — অত্তুদা।

শ্যাম — অত্তু অদা থংদে শোইদনা লাক্লদবনি ঐগী কাদা হেক্তো ফম্বীবমউ।

শ্বরৎ — ঐবু বন্দি ওইনা থম্বা তাবিববা।

শ্যাম — মবাল লৈতবা মীবু বন্দি কয়া কুইনা থমগনি— মরালবু

ৈলরবদি বন্দি থম্বা তাবনি। হুন্দক্কী ম্বতাংদদি শাং-দোকহৈবা য়োংহ্নিলংবু ওইগদরা ম্নুংশিনী ঝিনজুরবু ওইগত্রা।

শ্বরৎ — মথিক নেম্বনা থা লাম্বা, মৈরাম্বীনা মৈরিদা চোংশিনবা তাগদরা খংত্রেদা—ঐ চৎলে —

## তরামাথোইশুবা

মফম — লাইবিক্কি কা।

মতম — ম্নুংথিল।

যাম্নিঃ— হো ইতা বিনা লৈবরা?

বিনা — লৈজেয়ে রিদিংরুমদা ফম্মুসি।

যাম্নিঃ— ফনি — ( চংলকপা শ্বরৎপু উবা মিৎচানবা ) অা ... ( লৈথোককে তোৗবা )

বিনা — ( নোক্লপনা ) ঐখোইগী তাইবুঙো শ্বরৎনে—ঐখোইবু চীং কাবা পুবিগনি হায়দুনা ঙাইরিবনে — চৌক্কি অসোমদা —

যাম্নিঃ— হিংচাবীসিদি — ফমত্রবস্তু য়াইদা—

বিনা — ইকাইবীম্নু অদুক চাউরবদা — ( নোকপা )

শ্বরৎ — ইবেম্মা বিনা - ঐ মপান্দা ফমজগে —

বিনা — তাইবুঙো অদুম ফম্বীয়ু — খংনবীদরা —ম্রাম্রি শাবিরমউ থুনা লাকচগে

( চংখিবা );

শ্বরৎ — হৃন্দক্কি পরিক্ষাবু —

যামিঃ— খরা ইজখি —

শ্বরৎ — মখাদি কদাইদা লেপ্লিরিবা —

যামিঃ— ঙমজরবদি কলিকাতাদা চৎচগে খনজরি

শ্বরৎ — তাজবদা নুংঙাইজৈ চহী খরগী মতুংদদি লাইথক ফবী ওইবিরনি — খেন্নবা পন্না মিৎয়েং কাবন্দি লানখ্রগনি— উনজবা ফাওবস্থু ফংজদবা য়াই —

যামিঃ— নুজা ওইবীগী ব্রাখন্দি য়াম্না চমজবনি। লৈরাংগুম চমংজবনি। অদোমগীস্থু লাইবক ফবগী থৌরাম্নিগাক্না মালংদা ঙান্না থোরক্লবদি কাওথোকপগী ৈলচিলস্থু থাংঙকনি— মতম অদুদা হৌখ্রবা থৌদোকপু নিংশিংবিবকথিগদ্রা ?

শ্বরৎ — ঐগী ওইজবা থম্মোইনদি পুন্সিদা কাওজবা ঙমজরোই —

বিনা — যামিনী পংঙাই ঙাইরবরা — ঙসিদি চৈরাওবা নুমিৎনিনা পুক্নিং নুংঙাইবা নুমিৎনিদো — ঐখোইগী তাইবুঙঙোগা খংনবিদ্রা — রাগা অমত্তা ঙাংনদনা পংফমদা ফম্বীবরা ?

যামিঃ— মাগী হৌনবী — আ —

শ্বরৎ — ইবেম্মা ছাত্রা ছাত্রি হায়বা অসিদি খংনদ্রবস্থু শক্তা মথৈদি —

বিনা — তাইবুঙঙো অচুম্বনি কৌনদ্রবস্থু করম্না হাই স্কুলদা তম্বা হায়বা অদুদি খংনবা ঙাক্তনি—ঐখোইগী দাদানা ফোটো নমগনি হায়রম্মী — লাকপু লাকলে।

যামিঃ— ইদি ইকাইজৈদা —

বিনা — থোইবিন। জগোই শারমদাইদা মাই মাই হায়না হায়না
জগোই শাখি — তাদা শ্যামনা ঐখোই মেত্রিক থাখ্রবদি
মতম শাংনা উনবা ফংলরোই হায়তুনা তৌবনিদা
( ভাইহাক লৈরগা )
ফোটোশু লৈবা লোইরে — চীঙমৈরোং কাবা পূর্বীরো।
( শ্যাম, শ্বরৎ, বিনা অমম্মুং যামিনী )
থেংখ্রগনি চৎলসি।

## তরানিথোইশুবা

মফম — চীংমৈরোংগী চীংদোলগী মচী ১দা
মতম — নুমিদাংরাইরম নুমিৎপ, ভাংঙ্রান্নবা লৈচিন্না
কুপশিল্লকপা।

যামিঃ — ইতা বিনা লাওনে — নোংচুপ পাংনা য়েংও-ও— ইম্ফাল
সহরগী মতাইদা লবুক লমহাং কয়ানা অশংবা গালিচাগুম্না
ফজরিবা — অথাপ্পদা লোক্তাকী লাইজনা শমজিরৈগুম
ইলং লংলি সহরগী, খুঙ্গংগী মতাইবু য়াপলনা মপাল
খোপলি — মৈরমদা শ্রীগোবিন্দগী সনাগী মন্দিরনা কয়াদা
পুক্লিং হুনা ফজরিবা —
বিনা — ইতাগী কবিগী মিৎয়েং — কনানা শিংথানি
যামিঃ— ফাগী হৌবীরকনু — ঐনা হায়জরিবা অসিবু লাল্লব্রা ?

বিনা — তাইবুঙভো শ্বরৎ লাকলে—ঐহাক উথোং অসিদা ঙাই-
হাক্তা পোৎথাজগে — ( চৎখিবা )

শ্বরৎ — বিনা কদাইদনো কুমথরসিরা ?

বিনা — ঙাইহাক্তং পোৎথাথিসে অদুগা কুমথরসি।

শ্বরৎ — করি করি য়েংবীহ্বিা ?

যামিঃ— ঐখোইগী ইম্ফাল সহরগী ফজবা য়েংজবি — তারমদাই
মুমিৎকি ঙাংঙ্গান্নবা মশেক্না নোংমাইজিংগী চীংমাইদা
কয়াদা ফজহনবা — পুকি়ং অসি নৌহৌই —

শ্বরৎ — সহর ময়াইদা মিৎয়েং অদু লৈশিলবিসি — আদগী তোপ
তোপনা রাংলিবা অসি নাগামপালগী ঐজ্ঞা গোপালদাসগী
কেলিনি মসিদগী খিত্তং মথাদা থোং নম্বোলবী লৈবে।

যামিঃ— থোং অসি অথন্ননা পনবিবকপগুম খঞ্জে।

শ্বরৎ — থাঙ্গেশেংবনি — হাই স্কুলগী পুন্সিদা নিতিগী ঙাইহাক্তং
মিৎয়েংফমগী পোৎথাজফমনি - মতুংদদি মতমগী ঈচেন্দা
তাওথখিগদ্রা। --

যামিঃ— মতমগী অকন্নবা ঈচেন্দা মথান্নংদা কোনজবা মুংশিজববা
মপারি, মমোমস্থ তাওথখি —

শ্বরৎ — মোমোল নোকলম্বা কোবোহলবস্থ লোইবী চীংগী নাপোম-
দা লৈশিনখিগদৌরে—কুমথরসি—লম্বী অসি ঙমতক তৌই-
খুত্তা পাইবীরকউ — বিনা লাকও খুৎ নামা অসোমদা
পাইরকউ।

## তরাহুমদোইশুবা

### লমহাংদা

শ্যাম — শ্বরৎ ঐ য়াম্না হুংঙাইরে - নহাক ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস ওইরে।

শ্বরৎ — শ্যাম পাও অমনা ইনেবেম্মনা চিঠী অমগা থারক্লে। শে য়েংউ —

শ্যাম — হৌজিক্তি মথা তমথবগী উপায় লাকলেদনা — মথা তম্বা ঙমখ্রবদি নগাক শোইদনা এম এ অমা ওইবদি খংহৌবা নত্তে। ঐনা তাবদা যামিনীসু কলিকাতাদা তমবা তাবমাল্লে—

শ্বরৎ — মীগীদি রাত্তপাদবগী ইমুংনি — অফবা কলেজদা তম্বা শোইদ্রবনি।

শ্যাম — মফম তিন্নদবা তাববদি — ফনা কুইনা উনবা ফংলরোই — অমুক্তং উনরুসিদনা ?

শ্বরৎ — মচু ওইথোক্লরোই —

শ্যাম — মরমদি

শ্বরৎ — মরুপতি তাদ্রিমাল্লে — পবিক্কা হায়দোকপগা ঐহাক মখোইগা থংনবা যুমলোন্নবা লোকেনগী ময়ুমদা চৎপনি— মচুদা মখোইগী মবুং অহন্না — যামিনীবু অকলবা রাহৈ কয়ানা — রারকপা ইশামক তারক্লবনি মীনা খংদ্রবসু—

মতুগী মরম — ঐগা মরী লৈনবগীদমকনি হায়বা ইশানা
খংজরবনি — মসিদা ঐ তিংখং ওইবরোই
শ্যাম — খংত্রেনা মরুপ — চৎলমদাইদা ঐখোইদা চাকচাখিগদবনি।
শ্বরৎ — মরুপকিদা চাদনা কনানা কৌবিহুনা ঐবু নুংশিবা উৎপিরক্কদগে !

## তরামরিশুবা

শান্তিনিকেতন—
হৈনৌ পান্থী অমগী মখোংদা।

শ্বরৎ — মফম অসি ইংখেন্দ্রা — পুকিনং হুখেন্দ্রা — গুরুদেবনা মফম অসিদা বিশ্ববিদ্যালয় লিংখৎপা কয়াদা নুংঙাইবমগদবা — ইমা লৈপাক মণিপুর নংবু থাদোকলম্বা চহী ৪ হেল্লকলেকো — আদা ইমৌ-ও-ইচল মধু লাকলে।
মধুমতী—দাদা ঐ যামনা শাওনিংলুববনি - অসুক কুইনা লাক্কবসিদা
শ্বরৎ — নবুংসু ইচলবু উননিংবনি - খন্দুনা য়েংউ - ইনেবেম্মনা পুরিবা খবচ অসুক য়াম্বসি - ঙসিদি লাকল্লেদনা —
মধু — ঐনা নুংঙাইজদহুনা হায়জবনিদা - করিগী শাওরুগদগে— ঙসিদি দাদা ব্রা অমত্তা হংজগে —

শ্বরৎ — হৎউনে — করিনোনে —

মধু — দাদাগী জোনষ্টোন হাই ইংলিস স্কুলগী অবিবা মেগাজিন মন্নুংদা মিস জে দেবী হায়না থাবা ফোটো অমা য়াওবম্মী — মন্থবু কনানো ?

শ্বরৎ — ছাত্রি অমগী কোতোনিদা —

মধু — হৌজিক কদাইদা লাইব্রিক তমলিবগে ... মশকস্থু ফজে— অচৌঅশাংগী মচা মাল্লি -- কনানো হাযবিযুবা —

শ্বরৎ — মহাক কল্কিকাতাগী কলেজদা লাইবিক অস্তুম তমলকপনি —হৌজিকমক কলিবাতা বিশ্ববিদ্যালয়দা এম এ অহানবা চহিনি। মাগী মমিং যামিনা কৌই — লাইবিক য়াম্না ফনা —হৌরকপী— ইনাক খুনবা ইমুংদা চাওবকপিনি — এগা ক্লাস মান্নবনি —

মধু — বিশ্ববিদ্যালয় অমত্তদা তমনিন্নবা — নোংমদি উনবা য়াইদনা —

শ্বরৎ — ( লাইবিক অমা উহলবা ) — য়েংউসে — উনবস্ত্র য়াইদা

মধু — মসিদি । ক্লাস নাইল টেন্দা তম্বা মেকানিক্সনিনা,— মন্নুংগী লমাইদা কুমারী যামিনী দেবী হায়না থাইনা—

শ্বরৎ — লাইবিক অসি ইচন্না থেংনরিবা ফোটো পীরকপা ছাত্রি অদুনা লৈবিরকপনি — মাগী লমন ইবুংনা তোল্লিবনি — ( মপি তাবা ) মধু মিৎতা উফুল চংশ্রমাল্লে —

মধু — কদাইনো দাদা — দাদাগীসে পী তাখিবা ওইবমাল্লে —

শ্বরৎ — নত্তেদা — মসিগী অঙাং অসিদি —

যামিঃ— পুজা মসুং অসিদা চংখোকপা ওইনা সান্তিনিকেটনগী অইংবা মফম য়েংবা লাকপসে পুকিং অসি তানৌ কনৌই —মনিপুরগী মুংঙাইবগা মফম অসিগী মুংঙাইবগা খরদি খেন্নে —

বিনা — খবদা নত্তনা য়াম্ন খেন্নবনি — চৈবাওচীংদগী য়েংখবদা ফজখিবা দৃশ অদো - নিংশিংলিবরা —

যামিঃ— করম্না পুন্সিদা কাওম্ভমগনি — অতুক পুকনিং হুখিবা শকফমদো —

বিনা — কাওফনস্লু থোকতে — মী অমা য়াওইদনা —

যামিঃ— য়াওইনে — মাগী হৌনবা —

( মৈতৈ মচা — অনি চংলকপা )

বিবসিং—ইবেম্মা খোইবু ইম্ফালদগী ওইবিরব্রা — কদাইদগী মফম অসিদা লাকপিবা —

বিনা — ঐখোই ইউনিভরসিটিদগী শান্তিনিকেতন য়েংবা লাকচবনি। ঐখোই খুধাই অমসুং সগোলবন্দগীনি — দাদা খোইদি—

বিব — ঐখোই কাওভাবম লৈকাইদগীনি। ইবেম্মা অমা অসিদি বাবু ওইবিবিবা দেবেলগী ইমুং মসুং মাল্লিদা

বিনা — দাদা হোইদি য়াম্না থংবিরম্লবা ওইরে —

বির — ( যামিনী ) ইবেম্মা এখোই হান্না থংজবনিদা পোৎ অসিমত্তা লৌবিয়ু —

যামিঃ— করিগী ওইবারবনো — ঐগাক লৌজবা ডমজরোই।

বির — তুংদা খুদোং চাবিরোই—(বিনাদা) —ইবেম্মা মসি ঘরিনি লৌশিলহো — ঐখোই চৎলগে — ( শাওনা চৎখিবা )

যামিঃ — কয়াদা মমাই কলখ্রবনো —

বিনা — ( থিন্দুনা ) আদগী লাপনা য়েংলিবা অসি উবধা —

যামিঃ— ( মুংঙাইতনা ) —ওঃ উরে — অসিগীদমক —

বিনা — মুপী অমা অসিদি রাশি ওষ্থোকনা লৈখে্রদা — তাই-
বুঙঙো শ্বরৎকা ইকোই কোইনদবগুম তৌই—

যামিঃ— অসি ওইরে নিপাগী শাজৎ অরেপ্পা লৈতবা —

বিনা — মবান্নি ঐখোইরোমদা য়েংলম্নগা চৎখে্র — কৌশিরা ?

যামিঃ— উনা উনা মাই লৈখ্রবা মীবু কৌরুবগী করি কান্নগদগে ?

বিনা -- যামিনী নশাগী রাখল অদু অরালবা ওইরমগনি —
তামো শ্বরৎ অসে হে, হা, ইরাংগী মী নত্তেকো — মরাই-
বকথিবদগী অহস লন্মল লৈতবদগী মপুকচেল য়াম্না ফানা
চৎলি হায়না তাজৈ - রাখল লান্না লৌরুবদগী মতম
অমদা নিংবা কাইরকনিকো —

## তরামঙাশুবা

অশোক— শ্বরৎ ইবুঙঙো নংগী এম এ পরিক্ষা ফরমইদনা

শ্বরৎ — খরদি হোৎনজরম্মী — ইবাইবু — দাদাবু

অশোক—চৎনবী হৌনবী মিংগৌগী দরকার লৈতে — ঐখোই
ইমুং অমত্তগী মীনি তাদা, ইচল ইবুং অম্মম্। কোনসি।
ইচে লৈখিত্রবসু — নয়াম্পা ঐ লৈরি, নচন মধ্ লৈরি,

ইমা লৈরি — ঐখোই অমর নত্তে নোংমদি লোইনা শিগদবা ঙাক্তনি। ইয়াম্বা কিংস কমিশন্দা ট্রেন্নিং লোই-গদৌরে তলব খরদি চাওরনিদনা —

শরৎ — ননাওগী পূক্লিং হম্থবা লৈজদে —

অশোক—ইনাওগী রাঙাং তাবদা ইয়াম্বনা থাগত্তবা ঙমদে ইউ-রোপতা লালগী মমি লাকলবনিনা — সিফাইগী থবক্তি রাৎপা লৈবরোই। লাইরিক হৈবনা — অফিসার — করিস্থু — নপুকনিং হম্থগনু — মতম চানা মনিপূবদা অমু-ক্তংদি য়ৌরুবা তাই —

শরৎ — মত্থু দাদানা শিনবিরগা ওইগদবা মঙাইরে।

অশোক—পুম্নমক ঐনা শিলগনি।

## তরাতরুকশুবা

যামিঃ— বিনা ঐহাক পবিক্ষা লোইববনিনা য়ুমদা ঙরাংদা থুং-লবনি।

বিনা — অদোমগীদি মহৈগী অরাংবা থাক অমদি লোইবীরবনিনা নপুক্লিংদা য়াম্না মুংঙাইববিনি —

যামিঃ— মুংবুদি নুংঙাই অত্থুদা —

বিনা — অত্থুদা কবি ওইবীরবা ?

যামিঃ— য়েংউ বিনা — মুংঙাইববু হায়সিরা - অরাববু কৌশিরা—

ঐগী মহৈ তম্বা হেক লোইবগা পাবুংন। অহানবা পাই-
খৎলক্কদবা থবক খংবিদবরা -

বিনা -- খংজ্রি — কবিনোনে —

যাম্নি:— নংস্তু খংশিন্নজ্রিবরা — যুমপাললবগী রা হান্না হৌদোক-
লক্লগনি - - মসি ঐ য়াম্না হান্না খংলবনি — ঐনা নিং-
জবগী রাংমদনি

বিনা - রাফম অদু অবাইবদি নত্তে -- মী অমগী লমজিং মৈবাদি
মুৎথৎলগদ্রা ?

যামি: বিনা মৈবা অদু ঐনা ওইরগী শদিকাব লৈত্রে -- রাংনা
শাগৎচবস্বা আশাগী দলাল নিংথাইখবে — থোৎলম্বা
থম্মোইস্তু নুংদগী হেন্না কলশিনখবে —

বিনা - অসিগুম্বা রা অসি নঙোন্দগী হাযদোকললক্কনি হায়বা
থাজদবনি — কনাগী থৌইনশিল নত্রগা কবম্বা থোদোক্কগী
খনখিবা — ভাইবুঙভো শ্বরৎপ কাওথোক্লগে অসি নত্রা ?

যামি: — মতু নত্রবদি কবি উপায়দি লৈরি — মবম অদুদি ঐগী
থম্মোইদা লোত্তুনা হাযদোক্কনা ঐগী পন্সিগা অস্তুম
লোইনখবগে -- থোৎনা নৌনা তত্তনা চোংলম্বা আশাগী
ময়োলস্তু কংখ্রসম্নু — মসিনা ঐগী ফরগনিদা —

বিনা — ইতা নংনা ওসি ওাংলিবা রাফম অসে — ঐহাক্না রা-
খন্না লাম্বা ফংদ্রে —

যাম্নি:— মতু খংদবনা য়ামা ফবা ওইবগনি — ঐগী থম্মোইগী
চাক্লবা মৈরিগী মৈশাবু — কনাদস্তু য়েংহনবা পামজদে -

বিনা — ফরে যামিনী — পিকন্সিডৌদগী তিন্নরবী নত্তাদা হায়-
দোক্রুবা রাফম অদু ঐস্মু খংবগী কান্নত্রে — ঐহাক
পাও অমত্তদি হায়রম্নগা চৎলগে — তাইবুঙঙো শরৎ—
কিংস কমিসনদা চৎলগে খল্লমাল্লে — মরুপসিং উন্ননিংবদগী
খোরকপা ওইরমাল্লে — ঐ চৎচরে।

যামি:— ( কপনা ) বিনা ঐ লাকন্নরোই — ফনখোও
বিনা — ঐ চৎলে।

## তরাতরেৎশুবা

শরৎ — বিনা পরিক্ষা ফরম্মী তাবদা মুংঙাই — ইবুংস্মু সিফাই
ওইদুনা মীমান্নবা য়াত্রা য়েংখ্রগে —
বিনা — অতৈ থবক্তা চংবিবা য়াত্রবরা —
শরৎ — মসিনা ইবুংগী শাস্তি ওইরগনি — শিত্রে — ইকাইথুম্নবা
শিরে — কনানা খংবিদনা মাংখিবা —
বিনা — রাফম অসি তাজবদা মুংঙাইজদে — নচন্না করিগুম্বা
অমত্তা হংজগে শাওদি শাওবিগন্নুকো —
শরৎ — ইচন্না হংবদা ইবুঙনা শাওগদবা করিস্মু লৈজদে —
বিনা — যামিনীগা কবিগুম্বদা থেংনবাবদা —
শরৎ — থেংনখি — অত্তুবু কান্নররোইদবা আশাগী মংলান তুইখরে
রাহৈ অমা ফাওবা ঙাংদনা নিংহন্নবা মুমিৎ অমা ওইখি—
রাথলগী ঈচেলস্মু অমম্বা ঈপাক্তা তিলখি — ইবুং মথা
হায়ররোই।

বিনা — যামিনীসু ময়ুমদা লৈরি — অমুক্তং উনবদি —

শরৎ — নবুং উনজররোই — ইম। শরুবী ইচে ইবেম্মনা থুপথ্‌বদা ঐগী থম্মোই অসে লৈকংলা ওইখে — মরুত্থান অংতুং ঙাইছাক্তং পোৎথাজনবা লৈজরম্বনি — মতুম্ম লৈঙোইনা কুপ্‌শিলখে। মীওইবনা অরাংবা, অফবা, মুংঙাইবতা পাম্বনি — মতুদা ঐনা কলক্তুনা খোইরাং খোইশাওবা পামজদ্রে —

বিনা — তাইবুঙঙোগী থম্মোই শোরুবা মুঙাইতবা অতু — অতুক য়ৌনা থম্ববিকমু — মালেম অমিদা — কনানা ঙসি হরাওগনি হয়েংনা কপকনি — ঙসিনা নিংথৌ ... হয়েংনা চাকনিবা ওইনবি —

শরৎ — ইচলগী রাংলবা দর্শনিক ইবুঙনা থাগত্রবা ঙমজদে — অতুম ওইনমক ল্যাইবকথিরবা নবুংনা মী অমা ওইবগী থাক অতু য়ৌত্রি ফাওবদি ইপাও থারক্রবসু রারোগ-হুকো — বিনা নমিত্তা ইরা চেল্লিবা করিগিনো।

বিনা — ইবুঙগী থম্মোইবু করিগী খংলোইদগে — যামিনীগী মওং অসে থগ্রবদা ঙকই —

শরৎ — খল্লুনা য়েংউ বিনা — ইপা লৈত্রে-ইম। লৈত্রে, ইচেশু য়াহিপখে — নবুংগী থম্মোই — মুং ওইখে — খল্লম্বা পুম্নমক তাঙ্গোই তাখে — যামিনীগী রাক্কদি — পম্মুং-ফমদি শিরবদা — ইবুঙগী পুক্লিং ওনথগনি হয়েংদি চৎলগে

বিনা — ( হিকনা কপ্পগী খোঙ্গেল ) — তাইবুঙঙো —

## তরানিপালশুবা

ল'লফম — কেল্প অমদা

কেপ্টেন অশোক, লেপ্টনন্ট শরৎ য়ারি শাবা

অশোক=শরৎ ! ঐখোইগী মাংজিন থাবা অবোনবা পাওগী মতুং-ইন্না জপান্নিজশিংনা কিল্লা ৩ থক্কী মন্নুংদা লৈরে—কিলা অমমমদা কয়া য়ামনা লৈবগে হায়বদি থংগ্রি—হুকুম অমদি লাক্লগনি—

শরৎ— হৌজিক্তি নোংজ পাম্বা ওইবনিনা — লালওং অসি জংগন্দদি থুদোংদি কয়া চাত্রে।

অশোক—মেপ অসি য়েংউ—মখোইনা লৈরিবা মফম অসি চীং অসিগী থেলগী ময়া ওইনা তৌই—মসিদগী লাপ্পনা ঈশিং চেনথবগী তুরেলগুমনা অমা লৈবা উই—ঐখোইগা য়ামনা লাপ্পাবদি নত্রে—হাকথেংনবা লালগী মওংদা তাগদৌরি।

সিফাই—হুজুর মেসেজ ( সলাম কোৎপা খোংউপকী মখোল )

অশোক—কদাই—( ফাতোকপগী মখোল ) চৎপা য়ারগনি !

( সিফাই—"হুজুর" হায়বগা চৎখিবা মখোল )

লাও শরৎ—H.Q. গী ওরদরনি—অবোলবা লালোং—মেজর প্রসাদ, মেজর গুপ্ত অমসুং ইশামক লাম্মি বেটালিয়ন অমমমগী কমাণ্ড তৌত্নুনা লালবল লৌবা হানবা তান্নগদৌরি —ইচিল-ইনাও—লাইবক য়েংবা তারি।

শরৎ— য়াম্বুং ননাও মাংথাজগে।

অশোক—ইয়াম্বনা হিংলিদৈদা—ইনাওনা করিগী মাংথাগনি—

ঐনা মাংথাবগা ইনাওনা তুং—ইনগদবনি—হৌজিক্তি নিপা মচা ওইবগী অমুক্তং লাইবক্তা চাং-য়েংবগী মতাং লাক্লেদো—

শ্বরৎ— ঈশ্বরগী নোংদমনি।

## তরামাপলশুবা

শ্যাম— বিনা অসাইগী রেডিওগী প্যাওগী মতুংইন্না জাপাননা সংেন-দব লৌখ্রে, লানজাও অসি লোইবগুম্বনি। শ্বরৎনা চিঠীগা অনম্বা থাবকতবা ?

বিনা— চিঠি এমত্তা ফংজদে—তাইবুংঙো। শ্বরৎ অদু নিংবা কাইবগা লোইননা মনিপুরদগী চৎখ্রবনি—

শ্যাম— মবমদি ?

বিনা— মফম অসিদা মকপ মপাং থদ নত্তনা মাগী কনা লৈবি—নিংবা কাইবগী ইথিন — মবমদি খংজদে — যামিনানসু তাইবু ঙো শ্বরৎপু উনিংখিদে –তাইবুংঙোনসু যামিনাগা উনবা পামখিদে।

শ্যাম— ঐনা খনবদা- যামিনী হোইগী ইমুংদি অচৌ অশা.গতা মবি মত। ওইজবা পামখ্রবনি—মগুনগী রা কবিসু খন্দবা জাৎনি—ইনাক কৈরাক খুনবনি হাযতুনা চাওথোকচবি—যামিমীনা ঐদি লাইরিক হৈববিনি হায়তুনা অমুকশু চাওথোকপা ওইবমগনি মুপীগী থম্মোইবু কনানা খংগনি -

বিনা — অহল লমল লৈজত্রবস্থ — মপুক তম্না, মশাগী ইজৎ ভান্না চৎ১বা, মতিক চানা মহৈ হৈজরবা তাইবুংঙোগুম্বা মীদি মথোই তুংদা নিংঙম্লকলোই—

শ্যাম — বিনা ঐদি ইকাও কাওথোকউরে — অসাই বোম্বে টাইমসদা মৈতে মচা অনিগী থৌনা ফবগী পাও য়াওই হায়তুনা লৈরকপনি — পুবকউ য়েংসি — টেবিল মথক্তা লৈবনি - ( বিনানা খবর পুবকপা ) হাই বিনা মসিদি শ্বরৎ মান্ত্রা — করি ইরিবা ( খরা পারপা ) সাবস — শোইদ্রে মসি শ্বরৎনি ! —

বিনা — শোইরবোই দাদা — মসি ভাইবুংঙো শ্বরৎনি এম সি এরাড ফংলবা—শোইদনা চিঠী ফংলগনি মী অমা ওইবগী থাক য়ৌদ্রিবা ফাওবা ই পাও খংহল্লকলোই হায়রম্বনি।

শ্যাম — মরুপ ২ং শোইরমত্রবদি মণিপুবদা অমুক্ত দদি হল্লকখোাকো।

## কুনশুবা

শ্বরৎ — ইবুগী মধু — কদাইদা লৈবগে - থোরকও — নবুং লাকলে —

মধু — ইমা ইনা ভামে: লাকএ — মচম্না খুরমজরি —

শ্বরৎ — ( মনে থোরকপা ) ইনেবেম্মা নয়া খুরমজবি —

মনে — ইয়া লাকলেদনা — নবুংগী পোৎশিং থাংজিল্লু — ব্রাররিনি।

শ্বরৎ — ব্রাজদে ইনেবেম্মা — পোৎথাবিয়ু — হকচাংগী থোইনা মুংঙাইতবা লৈবিদেদনা —

মনে — ননে থোইদোকপা হকচাং মুংঙাইতবা লৈতে — নথোইনা লাল চংখিবা অসিদা পোত্থাফম খংত্রবনি – নথোইনা এম সি ফংবা নফম হাইগৎলকপদা ননেগী থম্মোইদা কয়াদা মুং-ঙাইশ্রবা —

শ্বরৎ — ইনেবেম্মা হৌজিক্তি লালজাও লোইরেদনা — সাহেবনা মতম খরগী মন্নুংদা ভারত থাদোকখিবা য়ারে — ঐখোইসু মনিংতম্বা ইমা লৈপাক্কা সেবা ফংলগনি। য়াম্নুং অশোকসু মুমিং খরগী মন্নুংদা ছুটিদা লাক্কনি — মধু সো লৈরে— নক্কি খবা লৈরকপনি।

মধু — কদাই তামো – ( সো হাংবা — পোৎ লৌথোকপা ) — ফিসু পোৎ অয়াম্বা ২/২ ওইনা –

শ্বরৎ — ইচন্না পাম্বা অমমম খল্লু – অতোপ্পা অমনা থমউ –

মধু — অমনা কনাগী —

শ্বরৎ — ইচনগা লেংগা ওইবী ইমান্নবগী মচল অমা লৈহৌরি মণিপূরদা চৎপদা মাগী ওইহলগে –

মধু — ঐশু চৎকনি – পুবিয়ুকো —

শ্বরৎ — ইচম্নবু পুদনা কনাবু পুরুনি।

## কুনমাথোইশুবা

মফম — থিয়েটর হোল।

শ্যাম, বিনা চংলকপা।

যামিঃ— বিনা অসোমদা চংলকউ ফমিন্নসি — দাদা শ্যামস্তু য়াও-
বিবকলি —

শ্যাম — য়াওজবকলি — বিনা — যামিনীগা ফমিন্নহৌবো —

বিনা - ইতানা খবা হাল্লমলেদনা ?

যামিঃ— কুইজদ্রি — রারি শাসি — চহী ৪ রোম অসি রাথে্দা
—মমাংগী থৌদোকশিং খল্লবদা পুক্লিং অসি নৌহৌই—

বিনা — ইতা এদি কবিগুম্বা অমত্তা কাওবা লৈজদে — মীওইবা
হায়বা অসে অমগা অমগা কযাগী মতিক খেন্ননা লৌথিবা—

যামিঃ— বিনা থম্মোই অসি তাইশিঙ্গ্রিকো।

( মেজব শ্বরৎ — মধুমতি চংলকপা — ময়াম লেপখৎপা )

শ্বরৎ — নমস্তে — ময়াম্সু ভক্তি কচ্চবি —

( ময়ামগা খুৎ শোকনবা - মিনিল — ফমথবা )

বিনা — যামিনী কনানো খ বীববা - ফমথখিবা মেজব অসিবু

যামিঃ— ( য়েংউরগা ) ওঃ বিনা — শ্বরৎ

( নিংবা কাইনা শ্বব হোনবা )

— হোলদগী অফিসাব অমনা

মেজর সাহেব — লেংবীরকপা য়াম্না মুংঙাইজরে — চান-
বিদুনা এৱার্ড ফংবগী মরমদা ... খরদং হায়বীবা পামজৈ—

( হোলদা শরৎ কাখৎপা — থুবাক থুবগী মখোল )

শরৎ ফিলরিবা ময়াম থুবনবা — কবিগুম্বা শায়োল ফরাক নবকম্ব ভাকশিন্নু। ঈশাগী শুইবা যৌদোক মধান্নু কিজ-নগা হায়দোকচনদি ঈকাইজবনি — য়াম্না ৩ম্না থনদ হায়জগে —

বর্ম্মা চৎবদা যাম্না থুদোং থিরবা চাংলক্রা জাপানি ত্রনি হায়না চিংনবা কিল্লা ও থক লেরে হায়বা প্ল্যান ফংজম্মা। স্থি কুংনা হৌবা মফমদা। নোমবিংস্থু থুদোং চাদবা মফম শুইবাগী মথাং থানা লাক্ল পুনিবা মেজর প্রসাদ মেজর গুপ্ত কেপটেন অশোক্তা কিল্লা শামনগা লোইশিনগা শেত্র ফংজম্মা। এফাক্তে অশোকা কামান্দ নথাদা প্রাসটেন কামান্দ ওইনা চংজবনি। কেপম্বা কিলাদগী কাপলকপনো মফম থংদনা দর্কি লেম্না লেতনা কাপলকই। কেপতেন অশোক্কা ঈবানি শাকথত্তুনা কিলা মখোং য়োরে। লাইগী নোংদনদগী মশা। হদবা রা অনগী মপান্দগী কিলা মতোন য়ৌজন্না। থুদক্কা মন্নুংদগী নোংমৈ অমা এথোইরোমদা শুন্ককপগা ওনা থুনা বিত্তকবব কাফজম্মী অশোক্কা থুদক্কা গ্রেনেড হুনথবম্মী মন্থুদা কিল্লা মন্নু দগী নোংমৈ কাপপা লেপথি। অম্মুম্না ত্রিমোংনা কিল্লা লৌবা হান্দুনা এরার্ড ফংজবনি।

( ময়াম থুবাক মখোল — )

ময়াম— মেজরদি ঈশৈ শকপা হৈবা ভাজৈ — ঈশৈ অমম্ভং ওাজবা পামথে —

শরৎ ( মমিৎনা হাইরগ যামিনী যেংকপা ) হৈজবদি ময়াম্বু কিক্তবদগী শকচবনি —

ত্তাদা চেকপা শকাগ্নেনবা
কারিগী শনাই লৈখিবনো ?
কায়ববা থম্মোইগী
চাকলিবা মৈচাকসে
কনানম্বু খংবিবরোই।
শিঙ্করিবা মিৎলুগী পিরং
উবিরবোই কনানা।
নাথোংদা ঝিনক্তুব থাংগৎলা
নিংশিংবীরক্লগনু অমক।
মপোক অসিমগী লোইবদা
লৈবাক্তৌবা চেঙলা ও।
ঐদি অতাংবা মালংদা পাইখৎগে।

( ময়াম খুবাক খুবা — লাংবগী মথোল )

যামিনী: বিনা নংগী কিগা মেজরগা লোইনবকপা মুপা অসিন শেংলি হাল্লবা পুম্নমক ওস্তোকনা মান্নখে — মুপী অসিনা কনানো খংবিবরা ?

'নং' — কিবুদি শাইবুংতোনা খ্বৎনা পিরকপনি — অমাসিদি খংদেবো - ( খ্বরৎকা মধুগা চংলকপা )

শরৎ — নমস্তে — যামিনী — মুংঙাইবিরিদনা ?

যামিঃ— ( শাওরপ্না ) অংহাই — বিনা ঐ কোক য়াম্না ভাওরে
খরা হানজরগে -- ( থোকথিবা )

## কুননিথোইশুবা

যামিনীগী কা -- হিপ্তুনা লৈবা।
বিনা পোৎ ময়োম অমা পাইদুনা চংলকপা।

যামিঃ— বিনা চংলকউ — এম্ব লাক্কে থল্লহনি।
বিনা - যামিনী — কবিনে নমাই নম্বিৎ ইমক মকশিল্লিবা —
চান্নবা নারবা ?
যামিঃ— ঐ নাদেদা - রা অমা হংগে।
বিনা — হংবিয়ো —
যামিঃ— শ্বরৎপ্ সুপী থিবরা ?
বিনা — তাইবুংঙোদি সুপী থিদ্রিনা -- এখোইদি খংদেনা — মচেং
বেম্মা লৈখিদ্রবদা মতুংদা — নিংবা কাইরদুনা লাল
চংখিবনি --
যামিঃ— ( স্বব শাংনা হোলগা ) —ঐগী রাখন্না লাল্লবা !
বিনা — নতোমতা তুমিন্না -- করি শোল্লিবা — রারি শান্নগদবা
য়াম্না লৈরি — ঐ কুইবা য়াদ্রে — তাইবুংঙো শ্বরৎনা
পোৎয়োম অমত্তুং খুদোলপোৎ ওইনা য়ৌবিয়্ পীরম্মী—সে
( যামিনীনা লৌবা ) ঐদি এয়ার অফিস য়ৌরুগে —

খামিঃ – অহুদি — অমুক লাকখোকো
( পোং ফাকতোকপা — চিঠী শেগাইবগা পাবা )

যামিনা !

হৌখ্রবা ছাত্র-ছাত্রি শইরিঙৈগী পুক্নিদো—অদোমগী মমল য়াম্লবা মিকুপ খরদং কাইথোকপিহুনা নিংশিংবী-যুকো — ঐগী পূক্নিগী অতিয়াদা ধ্রুবতরা ওইবীহুনা লাই-বক থিববা ঐগাকপু লমাজিংবিবগী মতমগী খোংলৈনা কললবনা নিংবা কাইবগী লৈচিন্না কুপথিবনা পম্থুংকমম্লু খংজিলকতবে !

অদোমগী চিংনবীরমগদবা খরদং শেংদোকচগে—

মতম অমদা ঐনা কলিকাতাদা লাকচবা অহু—থাঙ্গে শেংনমক ইবেম্মবু উনবা লাকচবনি। ঐগী লোই-নরকপী মুপী মচা অদো সান্তিনিকেতনদা লাইরিক তম্লম্বা ইনেবেম্মনা পোকপী ইমোনি — নহাল ফংসন অমা পাং-থোকথিবা অহুদম্লু এগা লাকনিন্নজবনি। ঐনা ইচল অমা শইনা লৌজে -- খিংগোম্লু ইচল অহুমক কৌজে। চেরাওচাং কাবা ভুমিও নমখিবা কোটো অহু উথিবদগী গংনজনিংহুনা লাকপনি। অদোমদি ইনাকখুনবিনি, মহৈ হৈবিনি — লৈংখাম্নবা পাম্বাবনরা —মুংঙাইতবা মিৎয়েংনা য়েংবিখি। নহালম্লু — মুংশিবিদবা মওংদা — পুক্নিংগী হায়জনিংবা ফোংদোকুবা ভানজ পিবিখিদে — পুম্নমক ঐগী ইরাল ওইরে। ইবেম্মনা মতেং ওইনা পীবিরকপা

মেকানিক্স ( লাইরিক ) অসি থরাইগা মান্নবা লালফম ফাওবা পুতুনা চৎচবনি। চৌজিক্তি থরাই য়াওব্রবা নী ওইজরে। মনুংদা মিং ইবা ফোটো অমত্তুং নপচখিবনি— মতম অমগী প্রামজন্নবী ভকশমদা শিনবা নেকলেস অমত্তুংগা হাপচখিবনি। ঐগী পুন্সিদি মপ্যাং কাইনরবা খুনুথরং ওইজরে —খুদোং চাব্রবা মতমদা শ্বরৎপু নিংশিংবিরকউ— ইবেম্মগী মতম মাংহনজরোই।

মতম অমগী মরাইবক থিরবা

শ্বরৎ

( যামিনী হিক্না হিক্না কপপা )

হে মুপী ওইবীগী রাথল — কলক মিহৌবগী মিৎয়েংনা— শেংলবা থম্মোই অমবু লালনা লৌরুবগী মহে ঐনা ফংবা তারবোই —

ইশৈ

লোইখরে আশাগী মংলাল।
থম্মোই চেকলা পাইখরে।
রারোখরে মহাক্তি,
খাদোকলমলে ভুজাবু।
হুংশি য়ায়ান্নু তাররোই
নিংঙমলকত্রেকো পাম্মুবা।
শাওরুবা ঐগী ইরাল

ঙাকপিররোই কনানা
হো তামখ্রবা থম্মোইগী চেকলা —
অমুক্তদি লাকখোবা !

—:(O):—

ঐগী হন্দক্কী পুন্সি অসিদদি পামজবা মাগী লোইন-বীদি ওইঙমলবোই। মতম কুইনা তিন্নবক্লবী ইতা বিনানা ঐগী ইহুৎ শিলবিত্থনা চাক্লবা মাগী থম্মোইবু খবদং ওই-রবস্থ ইংহন্নবা শিলবা তাই। মত্থনা মুংশি লমল শিংবা ওইজগে।

লোইরে

